ঐনা

লাকপা

লাম্বীসিদ

লমজিংবিবা

নহাক্কী মফমদা

কখোৎকচরবনি

কামিনী কান্ত

# ফোংজবা

এ, মনিহার সিংহ

অমস্থং

এল, কামিনী কুমার সিংহ

নাখোল ফোইজিং।


খুৎনম—অহানবা, ১৯৮৬

কপী মশীং—,১০০

মখুম য়েকপা · অইবা মশা

অমস্থং

তেংবাংবা—এন, শ্যাম সিংহ।

ব্লোক শাবা—নঙ্গী সিংহ

মমল—লুপা ৫ তনি।

( লাইব্রিরী হক পুম্বা অইবগীনি )

নম্ফম— শলাই তরেৎ প্রেস

কৈশামথোং, ইম্ফাল।

# ঐনা লাকপা লম্‌বীসিদ

শ্রীকামিনী কান্তগী ঐনা লাকপা লম্বীসিদা খুৎই শুইনা ঐডোন্দা পীরে। খুদক্তা খঙই শৈরেংশিং অহু হেক পাবদা, খুদক্তা উই মচাক্লা উবশিংহু, মহাক্কী ৱাখল অহু ঐডোন্দসু ফাওই। শ্রীকামিনীকান্তনা লাকপা লম্বীদা থেংনবশিং ঐখোয়সু লোইনা থেংনরবা ঙাক্তেনি "মিত্রং হৈবা যোগী" "লৌনম হৈবা নেতা" "ইকাই খঙবা পাণ্ডবা" "থাদি শেৎপা চুরাম্বাবশিং" অসিনচিংবা অসিনচিংবা ওন্থোক্লা য়ামগ্রে। মহাক্কী শৈরেংগী মমিংনা 'মঙলাক্রবা' 'ঈরাক্রব' 'বাজার' 'লানঙমত্রবা থরাই' অসিনচিংবা। কবিগুরুদা হংই "মঙাল অমসু, পোং অনিগী মরক্ত মমি মসিবু শুইথোক্লবা" মহাক্কী মমিনা মাঙদা হায়বা কবিতাদা।

অনৌবা শৈরেং হায়বা কবিতা অমদি মতমগী কবিতাবু মরীক চম্না তাকই। ফংন স্নুঙাই নিংথিজে।

সমরেন্দ্র

# ৱাহৈ খরদং

কাক্চিংপুর তাং ১০।১০।৮৬ ইং

ইনাওশু লাইশ্রম কামিনী কান্তগী অনৌবা খুদোল ওইনা পুথোরকপা 'ঐনা লাকপা লখীসিদ' হায়না মিংথোনবা শৈরেংগী লাইরিক অসি পাজরে, মতম অসিগী সমাজদা হকথেনরিবা পামদবা মুংঙাইতবা মওং কয়াবু মশানা উরুবা অমদি মতুদগী ফাওরকপা ঈথিল অদু পুকচেল শেংনা ফোঙদোকে লাক্লবা শৈরেংশিং য়াওরি। মোংলবা চনৈ-খনৈরবা চময়রবা লম্বেল অমদা সমাজ অসি চংলরে হায়বগী মুংঙাইজদবগা লোয়ননা লম্বেল অসিদা মীওইদনা চংপা মাল্লিবা সমাজগী মায়োক্নস্না সমাজগীদমক্তা ৱাকংপগী খোংগুল অমসু শৈরাংবা অসিগী শৈহেক্ত য়াওরি। অপা অপানবা ময়াঙদা ফোঙ-দোকপা ওন্বগী মওং অমা উই। কবি ওইবগী মিন্নুংশি নত্তাং মতাংগী উই। ৱাহৈ ৱাতা খরা কনবা, করিগুম্বা মত্তাদা ফোঙদোকমল্লা থোকপা য়াওরবসু শৈরেংগী ফজবা মওং চানা য়াওবা শৈরেং ফনা য়াম্না য়াওরি। তুংগী আশা থম্বা য়াবা শৈরাবান।

লাইরিক অসিনা হৌরগা অতৈ কয়া অমা পথৎ মথং থোক-লকপা ওইসনু।

ডা. এলাংবম দীনমণি
এসোসিয়েট প্রোফেসর
মণিপুরী লোন অমদি সাহিত্য বিভাগ
মাণিপুর ইউনিবর্সিটি

# ৱাহৌদোক

ঐনা লাকপা লম্বীসিদ উরকপা তারকপা থেংনরিবা কয়ানা শীরম্মী থম্মোইদা শুর কয়া কয়া কাউঙমদনা। শুরশিং অদুগী ঈশৈনা ময়েক ওল্লকপনি ঐগী পুন্সিগী কবিতা। ৱাহৈগী লৈচনশিংনা শেম্ব ৱাখলগী নাচোম্নী খর লৌবিয়ু প্রেমিশিংনা। নাচোম্না মতীক চাদবা শেমজরুবা ঐগীনি।

পুন্সিগী লম্বীদা তাৰিবা উৰিবা থেংনৰিবগী মরক্তা যানশিন্নবা অচুম অরান্না শীকথল্লি। অচুম্বা খর খুনগংচরবন্ত লৈদগী লৈহৌ শেমজবা হয়িং থোইদম্বনি খনবিয়ু। অরানবা কয়া য়াওরবস্তু লৈহৌদগী ক দমক লৌবা মিগী ( Spider ) হৌনশানি খন্দুনা অঙবর্ত্ত কনবিয়ু।

" মীওইবযু লান্দবা ওমত্রা " মসি লমদমসিগী লাইরিক্কী বানান্দনা খর হেঙ চনে। মসিগী চুনবা খর লৈখিবনা বানানগী অরানবা কয়া লৈবরম্ভ মথক্তা পাউরী অসিগীদমক য়েংবিব্বুনা ভারপিয়ু; অইবগী খর প্রেসকী খর হায়বত্তুনি মথংগী অমদমুক চুমথোকুবা হোৎনজনি।

পুন্সি হায়বসি লমন্না পুন্দুনা পুবনি। লমন কয়াসিগী মরক্তা শেরেংগী লাইরিক অসি ফোংবগী লমনদি ঐগী ইকাই খুম্নজরবা ওঝা লাইশ্রম সমরেন্দ্র অমদি ওঝা দানমনি, ঐগী ইচে কাংজাবম ওবী ইবেমনি দেবী, মকুপ অঙোম মনিহার, সালাই তরেৎ প্রেসকী মকুপ মপাংশিংগী লমনস্তু কাউফম থোক্কবনি।

ঐনা লাকপা লম্বীসিদ থম্মোইগী পাউমেন লৌবিগদৌরিবা পুকচেল চাউরবা চাউরবীশিংগী লমনস্তু অথোইবনি।

ময়ামগী—

অইবা।

# শৈরেং লামায়

# অনাবা থম্মোই

হ্যাংন রাষ্ট :—

অচৌবা থম্মোইসিদ (পৃথিবী)
অচৌবা ময়াম্শিংনা
য়াখোঙ থুম্মা চৌক্লুনা
মচা খুদিংদগী চিংনরকই,
থৌরোম থম ঈ থক্লুন
নয়াই কানা থাক্ল নোকই
বক্ত তাবগুম ঙংনরকই
চৌক্লরকই
শুনশিন্নদুনা
লাড়ুনরকই মথোয় মশেল
হ্যামেন রাইত। হ্যামেন রাইত।
য়ৌশিনখুম্বা নাক্লোংদগী
অনঙ্কন ঈশেং লিঙ্গরকই।

মানবতা :—

মৈবাক মচাশিংন লাউহৈ,
ঐখোয় মানবতা পাম্মি.
চিঞ্জাক চৈনরবা জীবশিংনা
পাংত্তুনা লাউ থোংই
পঙ্গল য়াওদ্রবা মশাশিংদু তাশিন্দুনা,

চপশিন্নরুবা তেনগী কাখুদুদগী
কাখৎলরুবা হে, ৎনৈ
মথং মথং নেংশিন্নহুনা,
হৈথরকই অমাবা মপৈ মপৈ
মথক্কে তোংলিদা কাংবুশিংনা
অকাম্ব য়াইহৈশিংনা বর পীরি
মানবতা হাঃ হাঃ
অশিনগী সৈরেংলুংদা মত্তু থিং
কান্নব হৈএবা নংমত্নুনা
ফংবা হৌমলনি
মানবতা মানবতা।

ধৰ্ম্ম :

পণ্ডিংশিংনা য়াথং লাউই—
অক্তুদগী—
ওনশিন ওনশিন্দুনা যাম্নরকই
য়াথং ফংসবা নকশিংনা
সিংহনাদ শংউরি—
ধৰ্ম্মবু কল্লু,
কাংলুপকী ইক্কং
অহিংসাগী কডাই
পাপিশিংবু মাঙহল্লু।
ঈগী লোথোং চেল্লে

# মতমগী ঈ-পাউ

লাঙ্গদ' শঙ্গী ক'ম্লঙ্গনা হাংনৈ,
ফজবা শক্তী কান্নবার তৌনৈ,
পুকফুবা থুদিং অপঙবা শীনৈ,
পণ্ডিতকী মতে' অঙাওবা শক্লৈ,
পাঙ্গম্ল শুবা অতোনবা ওইনৈ,
মকুপ লাক্লপা শেনমাও মেম্নৈ,
ইতাউ ইকাই লান্দ শিনৈ,
অতিথী থুংলম্লপা মরল মুম্নৈ,
ইকাইবা খঙবা পাওদবা চৈনৈ,
মচৌন থীবা অচুম্বা শক্লৈ,
লৌনম হেবা নেতা পীনৈ,
মিত্রং হৈবা যোগী ওইনৈ,
ধমকা হৈবা কল্লি হায়নৈ,
তুরানবা হৈবা ইনাক খুম্নৈ,
অকাম্ব হৈবা কবি শক্লৈ,
কোয়ল চংপী সতী ওইনৈ,
নেশা চাবা সঙ্গ য়াম্নৈ,
লাই পাঙ্গা কান্নবার ওইনৈ,
ঈশ্বরগী মিংদা শেল তান্নৈ।

# শীংব্লনবী

লোংজুবগী কান্নদ্রবা
হাংহুনা চংজবা পোং শনা
নীংতম্মা অপেনবহু য়ে ল্লি
চেকশিন্ন লোংলুবা পোং'সি
নোংম ঙমশিনখি কন্থি থোক্ল
ফংহনখি মহাও কাউঙ্ভদ' মহুনা
অহুদগী মনীংতম্না চংলকপনি
অপাম্বশীংহুব শীংনহুনা।
অয়োংশনা শাখিবা অপেনবা
অফোংদনা শীল্লিবা থুংগাইবা
লেপসঙ্গু মমল সমাজনা
অমঙানি পোক্তি খক্ফম খোকপনি।
নৈহংশিখিবা-শ্রবী
অপেনবা ফংশ্রবা-শ্রবী
মথোং থুদিং য়াওনা
ইনংকী মাজাংগু ভাঙুশিবা
থুনাইশিংগী থুংদনি (মথোংগু হাউনা)
য়োল্লিবা, নৈরিবা, চৈথিবা পুন্ন তিংলিব।।
ফিশেংপতনা ইকাইবা তাকপ।

ইতিহাসনা ইকাই খুম্নদনদু
লৈঙাক্লোনগী মীচৈ তাসনু ।
মরমদি কৌজিক
অরানবগী তৌরকখবদু ইথোয় খঙজি
খঙজি ঐথোয় শাল্লিবা কনা ।
মীরাল থিংবা শুমদ্রবা
লমজা পুন্সি শীংনবগী মচাশিংনা
লমজাওনা চিংমক্ষম ওইহনা
কুই অমোমগী মচাশিংনা
লেকম মুন্নবকপা মতমসিদা
মরাল খঙজি খুন্নাইদসিনা
অদুনা শীংনরুবনি খুন্নাইদিবু ।

— — —

## শিরোই লিলৌলক্ত

মীথুং চঙলবী
শিরোই লিলী
লৈরাং লক্ত
খঙৈ-খংনৈ
কপনৈ নোকনৈ,

শকহেন শক্লো লৈরাংশিংনা
থেক্লি নৌরি, নোক্লি
( অশ্রুপপ লৈকা কল্লহুনা )
মীওইবা থুম্নাইনা
কজবা ইতোদা ছাওনরে,
চৌংথুংগী লৈরাং
নারক্ত শাংনী
ঐখোয়বু খঙবীরে উবীরে শৈশরে
মরা চঙবী লৈমনশিংনা
থম্মোয়থুংদা কপচে,
খেন্নবসি লৈরমদবনি লৈকোনসিদ
লৌনম রাদ ময়াই কারে।
কয়া কুইনা মীওইবনা
পেন্নগনি, শরুগনি

মপানগী অহিংবু য়ে খোকখি
থজিক্কং হাইদোকপা শোংনাউদগী ।
ফম্বা ঙমদ্রবা অমনা
লোংন ফম্মাংদা তিংখোরকই
ফোলানা শল্লৰ। পেলা শমা
ময়ামগী মাঙদা চিংখোরকই
চানবা লোৎপগী চৈ-খাংই
হুইগুম য়ৌ য়ৌ লাঙনরকই ;
শোক্ল্ শু চাউবগী অঙবনি ।
ইতৈমগী ৱা তাবা নংদে
ফুরুৎ ফুরুৎ শুজিন্নখি ।
মবুক থল্লবা নহাশিং
—কয়া খোক্লে ইতৈমা, হীদাকা কয়া
ফোলাগী কয়া ....
মতীকচানা শীরম্নগা
লাউগোংদ্রনা খোক্লখি
অমম্বা অহিংগী সংসারদুদা ॥
শেন্দোংলবী ইতৈমা
থরাই তাবা নোকই
—সিঙাক্লী হোক্তিক্লী কারবার
অপাম্বা পোক্তি মমল তাঙই ।

# মোমবত্তীগী ঈশৈ

ঐনি, পুন্সি মোমবত্তী
ইকোকশিদা মৈবুল
ইশাগী ঈনা থাউ
মীংকী অমম্বং পী হুমাং
কংবা নৈত' ঈকুজরি
ফর ফর হাইরি অরা' মালংদা।
অম্বম্না পুন্সি লোমদ্রিফাও,
ইদোম চাকচনি ইদোম চাকচনি,
ঈ, পি অমম্বং হুমাংন কংবদা
অম্বম পীকশিল্লকপা মৈরগা লোয়নন
পুং মংশদা পুন্সি মৈরা
অমম্বও ঈরোনশুংদা লুপখিনি চুপ।
অদুবু ঈশৈসে ঐগী শকচৈঙে মতমদা
ভাল্লম্বা পুন্সিগী মৈরা মচানা
পীরম্বা থোক্লবা কনাদা মতাম
মতমচুদা ফংজগে ঈশৈগী এমল।

নাট্যকার
নায়ক নায়িকা
মাইপাক্ল ॥
অদুবু
চাঙ্গন থুঙ্গন কক্লিবা
লাঙ্গোন য়ো লম ফাৎলিবা
য়োংলৈ নোংথাং শারিবা
থুংথং তান্না পীরিবা
মখোয়তুদি অশেংবা
মেছিনগী লানবাদ
চুবাগী শুনাং তৈথোকচমদে
সর মপীবু লাকহক্লুনা
পেন্দ' খোল্লাউ লাউচমদে
খভনদে মখোয়গা মীচঙগা করি মরী —
মিংদা খুদোংচাবা লৌবাশংহু
মখোংবু উরগদি মচুক পে ।
খম্মোই অনাদ চীন
অনীগী মরক্ত
অরোনবা আসি নৈরমত্রবদি
অরোনবা 'সিদং নৈরমত্রবদি ।

---

# মমিনা মাঙদা

লৈনম চাউবী
শুমহৎপী লৈরাং
নংবু থম্মোই পেম্ম,
শোকলুম্ম মঙীক চেনবনি
নমলুপ্প ফম্বী কংবনি ;
তাগনি স্নারক বাহৈ।

কনানো চেংলৌ হেল্লিদা
উবদা পুক্রীং শুমহৎলি,
অচ্চা ! মরমচক্তি ইমাই !
নোক্ক রাহৈ কয়ানি।

অচুম্বগী জয—
কান্নদবা রানি
কনানো অচুম্বদ চংলিবা
অচুম্বা চুমদবা
ফীভমগী মথা পোনবনি,
য়েংকদবা মতমনি।

অথুম্বা অহাউবা
চীঙাকী মচি
শঙোম খোঙি –

অরেম্ব য়ানি
মজুনা নেশা পামবরা,
মাম্নরক্রুবা মহাউনি।
থকশি থাশি
না থিনা য়ারকপা,
কৈদগী মজুনা চৎপোৎ নত্তে
দোং দাং নক্রগদি .
ঙ্গ শাগৎনরক্লী।
মঙাল অমম্ভং পোৎ
অনীগী মরক্ত মমি
মসিবু ওইথোক্লবা॥

# অনৌবা শৈরেং

মীরেলশঙদ য়ামফক তারবী
শুমহৎলবী জগোই শাবিগী
হকচাং কয়াৎ খুদিং
য়াংথায় থিনগাইদুনা
শেত্তোক ফাক্তোকতুনা থি –
চৎনা য়ুদ্রবা কাংখাংকী
শরুক থর শিনবা ওাই
মহুমক তৌথি।

অহুদগী তপ্প তপ্প হিঙৎলকখি,
সমস্যা কয়াগী স্বপ্ন মপী
গু চেল্লবা সভ্যতাগী মালং
ইরোইননা শিংলকখি,
অরী অনৌ নাকেন্থাগী
নোংলৈ নুংশিংনা যৈবদা
মহৌশাগী শকফম কায়খি।
পাঙল থোক্তনা শিঙনত্তনা
পাম্বোম তিংহুন লাউ.রিবহু
অথঙবশিংনা হায়
মসিদি অনৌবা শৈরেংনি।
ময়া কাহুনা তানরি
অনৌবা শেরেং।

— — —

# লানঙমন্ত্রবা থরায়

মিংতগী স্নুমবুরেন অচুগী
পুন্সি' অবা অনা থাদোকতুনা
থরায়গা হকচাংগা কায়নরমদাই
অরোইবা য়াহিপ তাল্লমদাই
মাগী অকোয়বদা তেংথানৈ —
মহাজন অতুনা তেংথাই
'নিংথৌজাও ! নংবু থাজকবা চুমদবনি
ঐগী শেন্দোন শিংলমদনা
নহাক শিবা তারবা
নরৌ ইংথাল মচেৎশিদনা
শেন্দোন শকবা শুপয়া য়ারোই'
নীংঙোলক্ত নাইতোম পোকপা
মচা অহল (পাথঃ) না
তেংথাই — 'বাজি ! হোগংলকপদা
তায়রিবা ঐগী পুন্সিবু নহ কৌ
শেন্দোন লাইথুং শিন্নরম্লগা
ঐদি করম হিংহৌগনি বাজি.
ঐদি করম হিংহৌগনি"
তেংথাই মাগী নুপীনা
( ফিমল শেৎপী নিংঙোলশিংস্তু )

"হা ইবুংঙো ময়ামসিগী মৈরকসিদা
ঐবু করম হিংহৌ হায়গে
নশাগীতা য়েংবা তৌবীগনু
ঐবু হান্না পুবীখোঙ ।"
ফাজিনব্রে' লৈয়েংগী হায়ঙমত্রব পাউমেন
ভাঙব ঙমশিন্নদে, অস্থুম্ন থৈদ্রে।
শিংঙমত্রবা লমনশিংগী
মরাল লৈরবা থরায়হনা
অরোংপা মীচেল অমগুম্না,
খেরাও তৌরবা মন্ত্রিগুম্ন
নিংথৌজাওগী দেহনুংদা লোংলি ;
'পাম লাঙলিবা ময়াম উদনবা
থরায়না লোংলিবা হকচাংহনা
লেপত্রে হায়বগুম থাঙলি।
নিংতমই হায়নবা অশিবা,
অশিবদি মীচং নাইদে শোম্নবা
লম্বেন্দ্রু কম্না থিদ্রি
লানঙমদ' থরায়হু চেনখিনবা
নিংতম্না শিংঙমত্রবা থরায়হনা।

---

# তিঙ্গাংকোক

মহুম পোজেনগী কাথুহুংদা
মশাবু কুফাং চঞ্জথ্রবা
মুপা তৌনবী মহুমশিংবু
থরাই থক্তা ফত্তাপ্ন
লাংবনগী চাক্ক' মৈশাদা
ক্রোক ক্রোক ওংনা ফৌরিবত্ত
মরু কেমহুন শিন্নিফাও'নি
শিংতমদ' ঙৌরব তৌনবী লৌশিংগী
লাংওল্লুমদাইগী চিরবা মশাশি
শাজপ্ল' মহুন কাপুহুংদগী
তেংপা নাওই শাপদ তারি
ক্রে ক ক্রোক-ক্রোক কোক লেপ্না
চাক্লবা পরায়শিংনা তেংথাই
'ওংস্তোকই মচু মমেনগী
কুরাক ওইনা
লংওনদোবা কুইত্রবা ;
মেরা থাম্র ওইদোরে কল্লকই ॥
মেরা থাগী সনারৈ
লৈকোন খুদিং পাইত্রনা
অপাম' খুদিং ফংহুনা
থল্লুই পুন্সিবু হুংডাইপে-কল্লকউ

অপাম্বসিত নীংহুনা
অমম্বা কাধ্বমুংশিদা
লাংওন লোইবা ঙাইহুনা
পুন্সিবু ৱানা লেল্লকপা
পনথুং য়োদ পোলোইবে — ।
অকোযবদ লৈখ্রিবা ফীভম্‌। ।
নশাগী হিংন উপাইতদি
মীগী মচঙনা হিংখিবনা
মীথুং দনবা তাখিবনি
মীথা পোম্নবত ওইখিবনি
লাইরবৈ হিংন খোদাংশক
য়াইফবৈ পুন্সি লৈতেংগী
মহাক শিবা তঙাইফত্রে
অতোনবা পরাইশিং বংহুনা
সনা লৈকোন সনারৈগী
পুন্সি মঙলানগী মহুত
মীগী 5 কথাক্রঃ চাউথ্রবা
নশাগী ঈ-তোংনমুক লেমগ্রবা
পুন্সিবু শিঙমদ' পুনশিনপবা
নহুম পোঞ্জেনগী লংলাশিংনা
ইনাকখুনবা চাগী ফিজোল ওইরা,
স্বর্থত্যাগকী খুদম্‌নী
হায়নি বনা হায়সণু ॥

---

# হয়াউ কুম্মৈ লৈবাকশিংদা

ঈশৈ শকই জগোই থেকই
লীলা শাবৈ নাটক উংলি
লৈমা নিংথৌ অঙম অথৌ
লৈবাক মন্ত্রি লীলা মন্ত্রি
ফাগী জগাই হয়াউ ফুংঙাই
লান লীলা কুম্মৈ নোংমৈ
হাংপ তুপ্প কপ্প নোকপা
হয়াউ কুম্মৈ লৈবাকশিংদা।

অঙকপা কুম্মৈনি উদ্রিবা মতৌনি
খেন্নদে খেন্নদে পুক্লিগা লীলাগা
লীলা মন্ত্রি লৈবাক মন্ত্রি
অঙম্বা অথৌবা অশাব অশেংবা
চোপ চাপ দোং দাং
হাংলি তুপ্লি তুরি তারি
হয়াউ কুম্মৈ লৈবাকশিংদা।

শেঙাউ চারি থুংচাউ থারি
মিশি ফুমলে মকোক হোরে
বা বা কপই ফাক ফাক নোকই
ইজং ফাজং শেত্তোক ফাক্তোক
অাংকপা কুম্মৈনি উদ্রিবা মতৌনি

খেন্নদে খেন্নদে পৃন্সিগা লীলাগা
হয়াউ কুম্মৈ লৈবাকশিংদা
তোং তোং কাপ খায়বি
চক্রক নাক্রক শিনবি
তেম্মু তেম্মু মালেম তেম্মু
মতোন সনা চি চৌ চৗ চৌ
খঙোক খংচিন মুঃস্থাক মুনশিন
মালেম লৈমা মে মে খোংলে
হয়াউ কুম্মৈ লৈবাকশিংদা

---

## 'চেফোংগী অনম্বা লাই'

তুংদা হিংদোবা পুন্সিগী
অনম অহা চুর' রাথল্লক্ত
মীতমহুনা
শোয়হুনা পোকখ্রবা মচাশিংদো
কাংলুপ মশেন য়ানথংনবদা
পাক্তক্লনা মরাই তাখ্রে
ফদি শারবা মশাশিংহু (মচাগী)
তম্নলাই মাল্লবা নপাহুনা
অশিবা মচাশিংহু পৈশিল্লগা
পুল্লপ ফুম্নবা কোম তোরি।

মহাক্কী লিন্দা
মহাক্কী নিন্দা
পুম্নমক মরু কেমথ্রবনি
শুপ্পগী মরু কেম্লবা
মসিতনি মাগী মরল
অত্তুনা নোংথোদ য়েংঙ্কনা,
তাইবং শেন্দা হায়বত্তুদা
শীংনবা মীৎয়েংনা য়েংজবতনি,
লাইরবা লৈকাইগী
অহিংতা ওকরবা থল্লাইদুগী
লুচিংবা পাঙ্গনবত্তুনা
শুনাংদা লেপ্লগা লাউঙ্ক,
ও! লৈকাই লৈকাইশা
লৈকাই মীথীবোংশা
পেল্লেং!
লুটস্থ তৌবিখিবা
ইতুগী ইজ্জৎস্থ লোখিবা লৈস্থ চাবা
পেল্লে লৈকাইগী মচীন তোঙব ওইবা
কনা ওইনিংবা ওহরো।
( ওইহল্লিংদবা অহিংত ওইতুনা লৈ লৈকাইত্তু,
লৈবাকমচা সম্পাদকত্নুনা
পীরোইননা ইখি ( ফোটোগা কোন্ননা )

কাংলুপ মচাবু নৈহৎলুবা
অচৌবা কাংলুপপু চৈন্থনা।
অঙ্গুবু মীগী মচা লৈশাবীগী
ইজ্জৎ শান্নরুবা মচাগীদমক
অঙ্কবা উকিল নেকই মাস্থু।
ফাগি পুনা লাই অমম্ভু য়েকই
মুংগা য়েকংগা হন্ন হন্ন কাওনবা;
উপাই লৈরবী য়েরুনশিং কায়ল্লনত মতোকই
অদুবু শকথিনা থুংজাওশিংদু
অপুম্বা য়েরুনশিংগী
নমখি হৎলইনা কংশিন্দ্রনা
চৎং চৎং চেকথায়রি
মমৈৎদা
চৎং চৎং চেকথারবিদ॥

---

# মীতম্বাল

আশা অতুগী ফল
নীংবা কায়বা
আশা অতুগী ফল
নীংবা কায়বা
আশা অতুগী যস
নীংবা কায়বা
আশা মথং মথং
নীংবা কায়বা, নীংবা কায়বা
হোংদৈ মতুগী মথৈ
মায়থিবা
হোংদৈ মতুগী মথৈ
মায়থিবা
হোংদৈ মতুগী মথৈ
মায়থিবা
মায়থিবা হোংলবা মায়থিবা হোংলবা
হিংচাবা য়াপা অনিনা

চপখায়রক্কফাও
হৈদো, নতুংদা হিংগা এখাক
অমুম্মা তানি মীতম্বাল ওইনা
অমুম্মক হিংথিনি অদুম হিংবনি আঃ

---

# মাডুলাগী মংরীক্তো

শ্রী নুংশিদা

অঙাং ওইরিঙৈ

পোইনু

লোকারকপদা

য়াচঙবদা

যনগা চীনক্ক

গড্রক গড্রক

লীক্লম পোবদা,

উখিদো হৈনা

উইক্লম উইক্লমদে

শিংলকপা মীওনা;

আদা !

থা মচেংসে

চীংয়াংদা

লেপমুক্ত ডাক্নরে,

হুংলনি

কাথংলদি

মনীংগী চীংশাংসে

কাথংলদি

ও ! মাসবু

ঐবু লোথরক্সি-

আঃ অত্থগা

মঙলানগী সনরীক্তো ওয় হুংশিদা

অঙাঙবা লীক্লাং পরেং অমা অনী
চীংমাইদা তাহুনা লৈরে।

নোংমস্ত্র

গোবর্ধন পুজাদা

মেরাগী

সনাৱৈ লৈকোন্দা
খপচোং খপচো পাইবা
মচু মচুগী কুন্নাকশিংদো
ঐস্থ মতৌ তমতনা
ফাগে কোয়ন তান্নখি
ঐনা খনখি ঐস্থ কুন্নাক্নী।

অহুবু

চহী কয়া চৈ কয়া
চান্নবা তুংদা
তমখি খঙখি

ঐনা !

থবি যুমগী মালেম
লৈকোয়বুংগী লোয়ানবী
থবিগী মঙাল তাংকবা
লৈথী লৈঙোহ পুং
থম্বাই মিরেল পক্কবা থাজনি

* শৈমনি
লীক্লাং পরেংস্থ
ফজবা জঙ্গল চাকথেকপা,
কুরাক্তুনা
তীলাই থোঙ্গীনা পোকপা।
ও! হান্ন খঙম্মস্থ ফদোবা

নম্রপা

খঙদ্রস্থ হান্নদোনা,
সনা কৈথেল থন্ন য়োনবা
অমুনবা মচুগী হৈজাওশিংদো
চাগে কপাথ ঐনা
দুবু বোক কায়খিবা
হবরগী বোলনা
থম্মোই পাম্রবা সহরচুগী
লোনম তাংতু খঙহনখি !
শমফবা ঐথোয় থুঙ্গংস্থ
বৃন্দাবন হন্নকপী ইবেনদোন
মক্ক পুমকোক কোকলেদো।
অদুবু মতমদো

হোৎখ্রেদো

হেঙো হেঙো কপক্রেং কপচেৎপা

ভুইত্রি পুংখোন ফৌম্ন ঈশৈ
নশাগী হুমাংমন্ন হিংজরম্ন খুন্নাই

অত্থগা

অহৌং ঈচিক হুল্লকপদা
মোইথাপ শিন্নাইবী হন্নথ্রত্তুং
পাথঙ নহা তোমচংপগী
খুংলং শৈরোই ভুংশিবা
নামি মালংনা শোম্থাংনা
নীঙোল কা মীহুৎ লান্ন
খোম্লেন য়াতাগে নীংলবী
শানৌ মাইথোং থাজগী
শীঙেল লৈনম চুন্নবী
শাইনোন শমজোই হাইগৎনা
নাপ্প খোম্থাং য়ৈরুবা
শানৌ থম্মোই ফাঙমদবোই
থুনিং মোইদোন কাঙনচৎ
মুংশা শ্বর গুংদ ফা
চার পৌরোন শত্তুনা
খেঞ্জোং লাংদা লেপ্পুরে।
থাজ রাখোঙ লোল্লম্মে
থাবল যুমজি লাংঙমলে
চৎন দংপ শৈহেক্রী

লাপ্না অম্বুম তামথরে
থায়ন মৈশা লাংলবী
শানৌ তুম্বা য়াথিদে।
থুঙ্গংবী শানৌ ওইবীশিং
থুঙ্গা পাখঙ কয়াগা
লৈথি য়েন্দাই পুন্থুনা
থাঙ্গা লৈকাই লান্দুনা
লৈবক কোনশাং থায়ভুনা
ইরম লৈরম খিববু
হুংশি না:চাম 'মতনা
থম্মোই থম্মোই শিন্নখি
শেম্ম মনাতক্লখিদে !

হৌজিক্তী

হুংশিবা নংগী শকুম কায়রেদো
ফজবা নংগী শকুম মাঙলেদো।

নহা ওইবৈ মতমদা
ইনাগী নমদা পোন্থুনা
তাম্বা নাইবা খোঙথাংদা
শুমাং থংনা চন্থুনা
ইমাগী নাওথেম ইশৈদো,
থা থা থাবুংতোন
নচা মোরাম্বা পোবীগে

পোবী শনম নখীগে
হৈবোং চরোং 'মত্ত থাদরকউ
নথী মরক্ত তাখিনি
তাখরেদো ওঃ!

— — —

## মীয়াম্মা থাজৈ

হৌজিকস্থু থাজরি মীয়াম্মা
শক্তম 'মদি ওল্লগনি
ওল্লকই ওল্লি হৌজিকস্থু .
অক্তম মঙাক লেপত্রি
শক্তম কয়া ওনব
যাইফনবা খুদিংককী অক্তম :
। বর ফংবগুম মহাদেবগী
ফংই খুদিংমক্তা মহৈ
মহৈ য়াল্লে মঙাক্তী বর
মমল নাইদ্রবা মীওইবগী
পৃথ্বীবী অমা শেমগৎলক্রী
মীওইবে জ্ঞানগী মমঙ্গ।
ওমে বীজ্ঞানগী শক্তিনা

মফম মতম মৈ ঈশিং
ভুংশিং খুদিংমক ঙয়্রে।

বীজ্ঞায় ঙমত্রায়ে
অহুনা তরঙদা শেয়্রে
সনা লমজাও সয়কশিং বীজ্ঞ'য়
সংসারগী অনম্বা ঙালহন্দুনা
মণি খিবা চংনরি
সৌরজগৎ ব্রহ্মাণ্ড সংসারগী।

রাহংনি কযা থাম্মা
বর ওইনা পাঁখিদৌরি
পাউখুম ফংদ্রিবা রাহংনি।

খঙদ্রি অহুবু মীয়াম্মা
কর্মগী মমীং অমদি উইশিল্লি
মহুৎনা য়েংলকপস্তু খঙদ্রি।

সংসার তাঙ্গোই ওনদোবা
পুজা নত্তনা লওনরদি
মীয়েংহুনা চাক্লবা সংসার॥

# মঙলাক্লবা

নাকোং চেখায়বা নোংখাক্তা লোয়ননা
শনগৎলকই মৈরিগী নোং মৈখু লোয়ননা
মরৈ মরৈ মরোল মরোল
নোংদোন লম্বী পুমধিং থিংখি

অদুগা ত্তারকখি তৈথখি
মৈরিগী নোং, চাক্ল 'মোংশকী লেন
লাঙলম জীবগী ঈরাং
পুম্নমক মৈগী সমুদ্রদা লুপখি।
মালেম কৈনগী হকচাং

চেৎ চেৎ চেকথায়ত্তনা
মৈহীগী ঈখেং হাদোরকখি,
উপাই কৈত্রবা শা উচেক
মীগী মকাদা ৱাকৎলী :কল্লোদনা,
পেল্লে নখোয়গা হিংনিম্ককু।'
অদুবু মীকুপ্তুদা মী-শা চপমান্নখি।
সমুদ্র ঈরম তরেৎনা থাঙ্ঠ ওই
কংকালনা দোসি ওইতুনা।
চাকথংলকখি থোংনা কাউনা
পোকথায়গদৌখি মাঙেমসে বম ওইন।

থ্‌ংগাইপদৌখি শৌয়ক্লগৎ
অময় মপৈগা লোয়ননা শন্দোক্লম্বা
থরাল মিচাক্কী তয়াং তংশোইব অতিয়া উখিদে।
মৈগী চীং মৈগী তম, মৈগী তুরেল
মৈগী লুংশিং, মৈগী বসন্ত
মৈগী লৈপাল, মৈগী লৈকা
মৈগী ফরক ফাওনা
লেনংহোবা থরাইনা চেয়রি।
অহুগং নালেম পীবুক্ত মীতম্ববা
মরু মরাং মরুম মচা
কৈদনো নখোয়গী তুংগী তুঙলমচৎ
লৈবাক্কী কোম্বীরৈ য়াইপরৈ
কৈদনো নখোয়গী বসন্তবো
নারা ওইবগী লুংশিবা মতৌ
পূম্নমক মৈরিসুংদা প্রেলবগী মৈরিসুংদা
মমি শাম্নবা থরাই খরনা
থরাই হিংনবা চেয়রকখি
মৈগী মরুভূমি তম,
তান্ন তাম্ন পাইরি লঙ্জাগী শঙ্‌শিং
শেঙ্‌না চারি মুন্দুনা
থরাইগী থরাই চাম্নব চাম্নবী মচা মশু
অহুবু শুপনগী শিনিংদবৈ লিংজেনতনা।

অস্নুম্না অস্নম্মক চৎপা তাই
মরমদি হেক তুবা মীকুপ্তা
লণ্ডজানা ভাম্রা ফুরনি,
মশেম মরাংল' মীয়েংদা
অশিবা লাইগী জগোই উরি।
লেপ্ল য়াদ্রি তুব য়াদে
মরমদি লণ্ডজাশিংন থণ্ডই
মখোয় পাঙ্গল য়াওদ্রে,
স্নুপনগী শিনিংদবগী লীংজেনতনা
মরুদ্যান অমগী অশাদা চৎলি।
লৈরম্মী মীরনগী মীশা পাম্লবা শাশিং,
মীকুপ অমত্ত পস্থদনা অমুক লাকপা তাখি
অতোপ্প মরুদ্যান অমদা
অমুকস্ত লৈরম্মী য়োৎশিনবা পাগ্ন
লিন শুমভীম, হিংচাবশিংগী,
থরাইন পামজবদি
শুপনগী চৈনাখোন খাণ্ডদনা শিজবনি (শিবতারবস্
পুম্নমক মীকুপ থরদংগী রানি
মৈগী সমুদ্রনা মৈতানগী ঈরিক লোয়ননা
ফত্তবশিংদগী থরদং কন্নিবা
মরুভূমিসিস্ত জর জর থুমজিল্লখি।
ঐহাক মণ্ডলাক্লকই

তুম্ন্বা তুম্নদবা খঙদে,
করি ৱাখলগী মমিনো ?
মঙ অসিগী কৈদৌঙৈ
অচুম্ব অমুক্ত ওইদসনু ।
হে থৱাই মঙাও
থৱাই নংবু কোঞ্জগে
মঙোম ইমাবু থাবিগনুকো ॥

— — — —

## অশৈবাশিং দৈ তৈনখরবা

কৌব্রু

অৱাং কৌব্রু অসুম্ম
লাইয়াম খুন্দা অহানবা,
হে ! কৌব্রু চীংদোন
মহৌশাগী ফজবনা থল্লবা
মপুগী লাইনম্রেন অশেংবা,
কবি কয়াগী শানিনখোম্ন
নাত্রীক কয়াগী পুন্যাগী ৱারীনা
তাইবং শিন্ন শন্দোকখি ।

মীগী মপৈ মপৈ মীগী মপৈ মপৈ
লাকলি লেপ্তুনা,
রৈথায়রি থিনগাইরি
য়াম্থংলি থুদেক্নী
হামজিল্লি মাংশিল্লি লেপ্তুনা
পুকচেল জিশিং' ভক্ত লীশিংনা।

কৌক্রে চৌংগী চৌংদোন্দ
সরকারনা শাগংলম্ব জ:ক্সী মীথুংশঙ্
নীংশিংলিবরা খুন্নাইসিনা
নীংশিংলিবরা ?
মওং নাইরবা জ:খেগী য়ুমজাও
হায়ফম থওদনা মীয়াম্গী কান্নবা
পল্লেপফম থওদ্রবা মীনাইবে পুকচেল,
ওইজবত থওবা মাগী মঙমাঙ,
মীরৈহংনা রা রা শীজরবগা
মিহৌবনা উক উঙনা লোনাথিবা।
অন্তবু মীয়াম থওজিনবদুডাঙ
মীয়ামগী জীওথগী খাংপোক্কি
লোইব্রে, উফুল ওনব্রে কৌক্রগী,
মাওহনব্রে থওহোদনা অওকপা কংন,
রাংলব চৌংদোন্দ।

## বারুণী

শেলোঙ নীঙ্কবরা নীঙ্ক চাং
লংমাই হাগবরা হাদ চাং
ও ! নোংমাইজিং নত্রপা বারুণী
লাইকুম্ন তাঁথরা শিবরা নোংপোক্রা
য়েৎনবী লোইবা নাইদরি ।
লেহংবা উপাজনা লোইনা য়ানথরে
তাংজা উরীস্ত তুম্ন ফোইদংথরে
থরদা লেমতৌরিবনা
য়ানথনি হায়বগী কিবনা
নরুমদা ট্রজৌ চাদবা
য়েংজরি কিনা কিনা,
শেঙ্গোং লীকথগ্রে
লংমাই হাগথগ্রে ।

## লেম্ফেল

লম্ফেল নাহা কোথীরৈ
চায়নবদা ট্ট লৈদ্রংশি,
ও ! লম্ফেল পাং
অপান লুংশি থূংনদ্রিবী
শাবী শানৌ উনপাং
অনৌবা সহর শেম্ব লাকই,

বীজলি তারা তিংলি ছুরি,
লুপাগী তারা মাল্লবা ভুরেন্দ
থরাই যাওদনা শাম উগী থেংজাউ
কৈরোই লৈকাইনা শীঙনা থারি,
অশংবা মাংডন চীংছুম মচাশি
হোগাই য়ানথাযরি শকক্তম কায়না
ভক্তোদা নত্তনা কান্নবা মাঙব
অহিংদা লোম্ন মৈজাও খারি
লীংজেন মান্নদ' মীয়ামগী শাসন
শেঙ্গা থৃওজা সরখার শারি,
নাকন নাকনদ উনবা মরান্দ
তপথবা লৈবনা হিংসাগী টরাংন
থরক তলি মাওল চোংলি।
খুঙ্গংগী মল্লবা অঙাংগী স্কুল
অথু অকাই চাকখুমশিং ওইরি,
সনা লমজাও য়াংবীপক
লিন, লাক্কী উচি, খী
পুমচাই চাইন ছন্দোক্লরি।
করম্ব লৈবাক্ত লৈরিগনা
'সিঙ্গনা মচা
নচা চানবি ওইজবনা
ওইরেদো ইমা শক্লেথী মমা।

উখ্রুল —

উখ্রুল লমদম লমদংশি
ও! লিলী শীরোই লিলী
শীরোই চৈংশী শক্তেন লৈ
নশীর [illegible] য়েরুম [illegible]
চীংনুংগী নারক্ত লৌম্ন শাংচবী
নাল খারবা বুটকী খোংউপনা
লংশি লৈতনা লৈকংশীরে।
লৈতেন চাদবা যৌবনগী লৈপাক
কথা কয়া লিংশিন্নরে॥

লমকা —

ও! চুরাচান্দপুর
নীংথিবা অনৌবা সহর
বালাজী আনোকা মীংয়েংনা উবা
ফীজেং লৈতেং লমচং শাজং
অতগা চানবা কেংগী লৈতে
ঈনমগী ঈরোল লোনফংদুতেংগা।

মোইরাং —

ইবুধৌ থাংজিং
কোইরেল লাই
চীংডু নংগী লাইমাংদা

জগোই থুথেক কৎপদা
জগোই অন্নাংবা লোবীনু
হো লৌবিনু লৌবিনু দে।
নশুনা শৈহেক তমজবস্তু
লাল্লবা কাদা ঙাকপীয়ু
য়োল্লবা কাদা কনবিয়ু
কনবিয়ু দে ॥

— — — —

## "নাপাল"

মালেম শিন্ন চাইথোকপ্পবা
রক্তবীজগী ঈ মরীক ময়াম্না
হিঙ্গৎলক্লে হিংচাব লক্ষা লক্ষা মীকুপ খুদি,
চোকথরবা মহাকালিগী থাংয়ান খুদিংদা
কাপথোকখিব ঈরিক খুদিংনা
হেঙ্গৎলক্লি লক্ষা লক্ষা লক্ষা
ওয়্রক্লে ভৈরবী থাং হাইগৎপা
সংসার ঙাক্লিবা বীক্ষুনা কৈদনো,
কল্লকপা য়েংথিবা হাৎনবা তুপনবা
কেন্সর, লাইচৎ পোলল্যুসন নীউক্ল্যার
হিংচাবা লক্ষা কোটি বৃন্দ,

নিলকন্ঠনা হোন্দোরক্লে অগী স্থর
মালেম অসে খোংচৎ কায়রক্লে
মালেম অসে খোংচৎ কায়রক্লে।
ব্রহ্মানা পাংপোক্ত পোকহল্লি
মহেশ্বরনা শ মাংতা মাঙহল্লি
পালন ভমত্রবা বীশ্ণুদি লোংখয়ে।
প্রলয় কৌবা গ্রহ অমথক্র
পৃথীবাগী গ্রোবসে তমশিল্লক্লে॥

— — — —

## বাজার

থেন্দূনা কৈষ্কবা মখল মথেলগী কৈথেল
ফিজেং কৈতং, চান থক্কবা, শান্নপোং পোংকৈ
মমল তাঙল তাঙলবা হেঙ্গংপদৈ কুমথদ্রব মমলদ
হোটেল রেস্তোরাংগী অহাও অথুম
মনমশিংবা ইফুলগী ফুংশিল্লক্ত শন্দোরকই,
সাইরবশিং নমীং থল্লি অপাম্বগী
মবুক থল্লি অহাওবা মনমশিংনা
শন্দোক্লিবা ফুংশিংনা।
থেল্লিবা কৈথেনগী মচীদা লেপ্তুনা
মায়থীবগী ভুকথবা অপাম্বা মীংনা কারাম্লি

লাম্লবা পুক্কীদমক চীন্নালদা লেকশিল্লি মনমঙ্কু
দরিদ্র নারায়ন্নি হায়নৈ মখোয়
মীওইবৈ দেবতাগুন মপোন থোক্কব।
নীংথিবা কারগী বাহনশিং থারৈ
থেন্দুনা লৈরিবা কৈথেলগী মচিদা
কালগী জ্বিবনি হাযনরিবা ভোগীশিং
হোজ্জিন হোজ্জিন্দুনা হাপচিনখি
থেন্দুনা লৈরিবা কৈথেলগী মরনশিং
হায়বা ইল্লবা কারগী মবুক্ত।
ভদ্রলোগ ভদ্রমহীলাশিংগু কৌশিল্লি
য়াম্না নোল্লক্লা কৌশিল্লি অয়োনবশিংনা
মখোয়গী লম্বেল যাংনবা চৈহন্তুনা
দবিদ্রনাবায়নশিংবু খোন্থী পীজৈ;
চাক্লিবশিংনা নিকঊ "বাবু এক পৈশা"
মনাওোন মেন্দুনা থৈদোকখি
"ভগবান আপকো দয়া করেগা"
বরদমক লোরগা মচুক পৈন্থনা চংখি,
ভগবানবু কিবা লরায় মচাশিংন পীখি
ক্রোক ক্রোক, স্বর হোনবগী মচাক ওইনবা।
"ঐখোয়'নিহুম—দগীবু
লুপা চহুমগী শরেং মচাহু কৈ কান্নবা"
"ঙা নত্র'দি চাউ য়াদ্রে

হুই অনিংহুম কৈন্দ্রিস্তু——
মোমোন মীনোকী ডাইনোক্ত
রারী শান শান চংখি,
স্কুটর মথকী ইমুং মতুং
( এ ফেমিলি ওন এ স্কুটব )
দো যা তিন বচেগী মচাশিং য়াওনা
থৌখি সহরগী লম্বীদা
দরিদ্র নারায়নশিংগী মীরক শমহুনা।
ভদ্রমহীলা মানবীশিং, খুংশেমগী
কৈথেলগী লৈরাং কৌনবী)
মওমগী লম্রান্থ বাবুশিংগা
খি অচিকপা থম্মোই অনিনা পামজব,
মপৈ এপৈ হাইদোক্রবকই
শাংলবা লঞ্চ অরারগী বাবু বাবুনিশিং
গন্দিদ হোভেন্দ পোৎলক্ত মীরক্ত।
মতম অমগী তিন্নরম্বা মকপশিং
চাকরিনা অনেম অরাং খায়গ্রবদা
উশিন্নদ লেংথৈনার।
অঙাঙবা ফিরালনা লময়ান্দুনা
চোরকোন মচুগী গাড়ীশিংন ডাকুনা
সাইরেন মতুং ডাইন বগুম য়াংন থৌনখি
চীফ মিনিষ্টরনি হায় গোভর্নরনি হায়

মন্ত্রিনি হায়, লাম্মি লুচিংবনি হায় মীরক্কু
য়াক্লবা সাইরেন্ন চৈর চৈরহুনা
থাকী ময়ামগী হুইশেনশিংন বিহন্দুনা
মী হন্দোকউ মী হন্দোকউ!
ক্লীপ কার মী পুন্নমক হন্দোকনৈ
অচৌ অপীক্কী ডিগ্রীশিং পুন্ন।
অহুবু নতাইদা থৈখিবা গাড়ীশিংগী
অয়াঙবা চাকাশিংনা চাইশিল্লম্মী
নালাগী কোংখংলম্বা অপুম্ব লৈথোম
ফিরোন 'মতুং শেংচবা শিনমীদা।
ধোং ধোং লুহোংবগী সভা যাত্রা লাকই,
দোং, দোং, চরান্নরবা অন্দোলনগী
সভা যাত্রা লাকই।
অফুনবা সাইলেন্সর পাইপ ফাক ফাক
হনুবী কৈথেল হা বা কায় — —,
অঙাং মাঙখ্রে, গাড়ী মাঙখ্রে
ছাত্রী হল্লক্তে ছাত্র ফাখ্রে
সিনেমা পোষ্টরগী ইরাং য়াওনা
পুন্নমক লাভনৈ ইযান য়ান্নবা ইরাংদ।
ইন্নরিবা মীয়ামগী হুমাং মনম
হোটেল রেষ্টোরেন্টকী য়েনশাং মনম
ড্রেনেজ লেত্রিনগী পুন্নম শানম

ঈরাং শওগী এসেন্স মনম
লোইশওগী নৈকোন মচাশিংগী লৈরাং মনম
মনিল মৈথ খোঞ্জেলগী শিংজু নুংশিংন
রাংব তান্নরিবা দলান মতোনগী অতিয়াদা
অহিং নুংথিল নাইদনা শনগংজি
অশুম অম্মুম ।

— — — —

পান্দমফম

নুমিদাংবাই নুমিৎনা সনাগী নোংলক্তা মমি শাম্নবদা
লুমাং হন্দোক্লিবা লৌমীনা
শন্দোক্লিবা মরোং চুম্নবা লবুকপু
উরগ থম্মোয় শোক্ল নোকই,
রাজরকপা অসিগী মহৈ
ঐহাক য়াতোন তংহৌদবা য়াই
অতুবু হোৎনবা লেপ্প য়াদে
হকচাং অসিদা পাঙ্গন মচেৎমত্তং লৈরিফাওদি ।
মীগী মরল মীগী লমন
লমলদগী লমন মথং মথং শিংদবা য়াদে ।
অথাপ্লদৈ তারকপা অকি খোল্লাউনা
রাখল মংত্রেম হাগ্রেম্লনা

অরাংবা চৗংমাইদগী ওন্থবগুম
থুঙ্গংগী মযুম তম্না হোৎচিন্নখি ।
দাকুশিংনা নৈহৎলম্লবা
ইজ্জং মাঙত্রবা থুঙ্গংন্থুদা
অথৌবা লাগ্নৌ চঙশিল্লকই
নোংমৈগী চিন্দোন চৗঙলহুনা
প্রজাগী শান্তি থম্লবা
মখোয় অস্থম অস্থম চঙশিল্লকই
লবুক লমহাংদগী নৈরক্তা
কোন্থোংদা য়ুম্লোমদা অস্থম অস্থম
থুঙ্গ দা শান্তি থম্লবা ।
নীংঙোন পোকপি মমাশিংনা
নৌরবী মচাগী মনমদা
তেংথা নাওইনা হন্ন হন্ন কুথরি
করিগীনো নংনা নীংঙোল ওইনা
পোক্লম্মিবা, হান্ন শিজহৌরো
হান্ন শিজহৌরো ।
মখোর অস্থম অস্থম চঙশিল্লকই
ময়াই কারবা অয়োকপা লানী শংল্ল
লবুক্কগী, খুল্লক্ক নৈরক্ক অহুদগী
কোন্থোংদগী য়ুম্লোমদ অস্থম অস্থম
দাকুদগী ঈজ্জৎ কনবিনবা ।

লীংঙোন পোকপিশিংনা
মচা লৈশাবীগী খোৎলনা হকচাংবু
মতুংদা থমলগা মখুৎ থত্তুনা
লাউরৈঙ্ক ঐগী ইচা লৈশাবীনি
ঐগী ইচা লৈশাবীনি মাবু কনবিযু ।
অথাকপা লাম্মীশিংত্থ
অশুম অশুম চণ্ডশিল্লকই
খাক্ল খাক্ল নোক্লহুনা
কনবিগনি নখোয়বু কনবিগনি
দাকুনা মাঙহনখিবা ইত্তৎত্থ
হান্ন নশক খঙদোকপদি তাই,
অশুম অশুম চঙশনখি
অমম্বা অক্সিংগী পম্মোই শেগাইবমখৈ
লাউখিবা লৈশাবীশিংগী খোঞ্জেল্ল
মখোয়গী পান্দমত্থ য়োরে তাক্লক্লি ফাওবা ।

---

# ঈরাক্লবা

হাঙলবা কংফালগী তাইবংদা
মনীং তম্মা শন্ন হেঞ্জবা ঙমজ্রবা
জীব কাংলূপ থন্ননা
মতীক লৈবতনা হিংবা

মীওইবা তাইবংবু শীংনহুনা
দাবী তৌহুনা চঙশিনখি
অন্দোলনগী খোঙজং অমা
নোংরোকী সমুদ্র তম্ব ।
লম্বী অহুতনা মখোয়বু লমজিংই
অহুবু লাউজবা ঙম্বগী হক পুম্বা
ঈরোল্লুংহুনা মংপীখি
শর হোজরম্বা মবুক্ত
নোংরোকী ঈশিংতনা ফুনজিল্লই
হিংননবা হোৎনজবৈ থিঙ কাওজদা
অস্তুম অস্তুম লুপথবদ থংখি ।

— — —

## সুংশিবা

নংগী সুংশি নেশা থক্ল থক্লগা
থাওরবা ঐগী মীৎকী মাঙদা
শাবিযু জপোই সুংশিবী নংনা ।
নংগী সুংশি ঈশৈ' সুরনা
নাউশুম শৈরোন শকপিহুনা
য়াতাহনবিযু সুংশি নেশাদা.
ঐগী সুংশি মঙলান্দুদা
নংগী সুংশি লাইরেম্বীনা

করম্বা লাইরৈবাক্ত পুবিদোবা।
পামজবা সুংশি কৈরাংগী
পোমশাংন নংগী লৈকাদা
থম্মোই খোইমুনা তেংজগেনে।
তানিংদ্রে অমুক তামল্ল' তাইবং রারী
হিংমিন্নবা রাখল রাংলবা মালেমগী
য়েংনিংদ্রে করিম্মু উমল্ল' শক্তম
অমেংবা অথোংপা যাওদ্রেগা মতমগী।
নংগী শুমহৎপা রাখলনা মাঙবদা
সুংশিবা মঙালবু অমম্বনা যোংপগুন
হৌখবা মতমগী নিংঙনদা লাইমন
ওইরবা মতমগী শিংজমদ' লমন
লাক্কদবা পুন্সিগী থুঙরোইদ' আশা
পুজিল্লকই রাখল চৈফু কযা কয়ানা
নংগী নেশাগী মহাও মাঙবা মতমদা।
ও! সুংশিবা কবিগী মীচং মীথায় নাইবা
পুন্নমক মাগনা থুংবিযুনা শরুক
ঐদগী ঐগী, ঐগীদগী ঐখোয়গী,
হুন্তুরি করিগী নং মাগীদি।
ফরে নসিনা হৌনশা ওইরদি তাইবংগী
ঐবুতা শুমহৎপিরো ঐবুতা পংথহল্লো
তামল্লবসে তাদনবা; উমল্লবসে উদনবা
হিংমিন্নবৈ রাখল রাংলবা মালেমগী॥

## 'তত্তৌরবা মরী অমখক

ঙসিদি লৈরবাই লৌমি অমদি শল যুনশাগী তুংশি মরী
মখোয় ফংগ্রনি মঙং অমদা মুক্তি।
য়েংঙু উদ্রা ত্রেক্টরগী লবুকশিং
জগোই শাহল্লিবা ফৌনাগী, থুংশেমগী হাবনা,
শল ইরোই শগোল শামুগী মহুংনি চেল্লিবা ইঞ্জিন গাড়ীগি
অহাউবা চক্র যুক্তশংশা থকনি হো ফঙ্গু শক্তোমগী মহুত
মখোয়দি চংগ্রনি ফাগাদা ওল্লগা হোদেন্দা চাকশংনা,
মীনা মীনি শান শানি, মীওইবদি তিবা তাক্তিদনা :
কান্নখিগনি করিমুক খুল্লকী হুই হৌদোং হাম্মে থাডনা
মীরৈবাক্তে হৈশিংলবা নোইং চাউরবা থাম্ন পুরক্লে
হান্নগী মখোয়দি ফংলগনি মঙং অমদা মুক্তী।
নরোং চুমদ্রেনা ইরমগী মইক মরং হৈ থা এঙ্গাং নাপী
কন্নদ্রে পাক্লবগী লৈরনি মীনদৈ ইকখেল য়োল্লিবা
য়েংঙু, তারেদনা মৌসুমী নোডুগী পোঙ্গালতা হাইবা
হুমাংমল ফংদবা অালু, চুক্তাক, চা, ফাগী মহুত্তা
ফজরবা পোপি লৈরাংগী লবুক শংগ্র হায়দি
হৌদোক্লনি লাইরব, কানি হেরোইনগী গ্রাম থরনা
[ লোংখিসনু ইকোনোমিক ক্রিদনদি{ ( ) } নহু দা ]
কনানা তিবা কননা শিবা কনানা কনবা হুন্নরি
করম্বা মরীগী কনাগীদমক কনানা হিংবা

কনাগী য়াকা য়েংলগা কনানা নোমশদবা
কনাগী লুখাক্লা কনা কয়া হিংদোবা
কনি কমদোৱগা কৈরবু ফংলগা কোম্না হিংনবা
মসিদি ওইদ্রে অমুক অক্লবা পাউখুম।
অহুনবি নোংজুগী মহুনদা ময়া কাহনা ভাইরিবা
মচাশংগী মপীনা হৌরনা নোংমৈ মখোল
অমঙী মতুংদা অমুক হল্লক্কবা মহুমদা।
অসিগুম্বা মৃম্বানবু অনৌবা অম ওইরিবরা?
কি শাক শাবিনা য়োংখনগা কায়নবা
কৌইন মোলুক শাঙ্গোন যুমশাগী বীদায়
শিনবিনা শিনশং থাদোক্নবা কোয়ন চংলকপা
মহৌরে ইশি খি আশাগী লৈদিং লৈচিন তাকশবদা
পিরা পিরাং পিরাং লোইনা নাইত্র ঈচেন্দ
অসিগুম্বা পিরাং অমুক অনৌবরা?
যোম্লা লৌমীনা মবু হিংগেল মগ্নৌ মশল
শিননৈনা য়োনগ্রে থুংশু-থুংলাই শিনশঙ
সাহরনা সাইশুনা সাইচুবা সায়েংনবা
য়োনগে চেন্নরি অখাকপা লৈতনা
কনাগী মচাপা কনাগী মচানুপী
কনাগী সহধর্মিনী, কনানা মশাবু
অফবা লায়েংশঙপুম্বা অরৈবনা কনগ্রবদা।
মহাজন, মহাজন, মহাজন মসিবু থিবা য়াবরা
পিরাং, পিরাং, পিরাং কান্নবা লৈরিবরা মসিগী
লুংশিব মীলুংশিগী অর্থ লৈত্রবা মতমদা॥

# কবি খাম্বা পুক্রীং

( মন শিক্ষ. )

হে ! পুক্লিং নংগি ঐনা ৱারী শাদোবা
খাজগে থাজো থাজরেই তোকউ
কনানা কনাবু থাজনন।
মতু যুগসিগী ৱাহং নত্তে প উথুন পীদোনা
( মত যগসিগী ৱাক্ষম নত্তে খল্লগদবা )
ঐগী নংগাও' থাজনিংডাই ৎইদ্রদা।

অচুবু স্তারেদনা নংসু ৱল্লাবৱগী ৱ ৱী
নশাগী পাপকী কম্মফল নশানা যাঙগনি
'মীওইবা শিরগা ইহে হায়ছুনা তোকপনি
কনাসু শিবদা পুবা য়াবা নত্তে
ওইজ থিবা 'কৈকান্নিনি' খুদিংমক হায়নৈ।
'চুম্মি' চুম্মি' মীপুম খুদিং মওক নোইম্ন.
'ছুবু হে ! পুক্রীং চংলিবরা ন বু মসি ঙাক্না
চুম্না ইথি অথোইবা কবি ক্ষমনা
পুন্সি হাযবসে লীলানি লীলা
মীওইব খুদিংমক লীলা যাওননি।
চুম্মি, অমুকস্ন হেন্না চুম্মিব'দি
মুন্নবনি, নাযক নায়িকানচিংব অথোইবা শকুম
অতোনবা শাবদি কনাসু পান্নদে;
মথোং খঙদ্রবা ডাইরেক্টরদা চীরোন থারোল্লিবনি মতু

উরেদনা নংস্ু সামিয়ানাগী মথাদা সর্কসকী একলব্যশিং
মদোম হোৎনমলতনা চুম্না হিংজবা
মমীৎ পুল্লগা মত্ মচাদা থাং পন্নেং লংবা
অপংবনি হায়নদদি মাবুদি
মাদি নোংমতস্ু মীতিংস্ু য়াওরুদে
ওইদবা পন্নেংগী ভাবনস্ু পীরুদে
থবক ওল্লোইদবা য়ারেপস্ু তারুদে।
পঙই চৈথি অজ্জুর্ন্না তীংখং চাবা উটপু,
হেন্না পঙবনি হায়খি উটনা মাবু
হিংশা তৌদনা মশাগী ঈ থকচববু পঙবনি খনবদি ।
অত্তুম চৎমরক্লবনি মতমত্তুদৈ হৌনা
অমগা অমগা শিংবা তান্ন' মতৌসে
অমনা অমবু অপঙবা শীরগা
অমদগী অমনা ওইজনবা হোৎনবা ;
ইরান্না মরান শীত্তুনা খৎনবস্ু
অত্তুম চংনরক্লবনি মত্তমত্তুদৈ হৌনা
হে ! পুক্কীং অত্তুননি নং ঐগী মরক্কফাও
থাজনবা-নদবগী ফরক লৈরিবসে।
ফবকসিনা লৈরিমথৈ, পুক্কীং নংনা মক্কীমথৈ
ঈশ্বর নীংবস্ু ফংলরোই, ঈরৈবাকীস্ু নীংলরোই
মীয়ামগী কান্নবস্ু খল্লরোই, ইদোম ফবস্ু ওইররোই
ইদোম পুক্কীং নংতনা মরুনি; নংতনা ওইরম্লে ॥

# খুরুমজৈ ইমা

হে ইমা !

পোক্লফম

শকচনিংনা শকচনিং

শকচঙমদে কোলোয়বু,

শকচখিরোই নচাদি

পলেম শুংশি কোলোয়বু

থম্মোইসিনা তিংত্রিংঙ

রাখন চীরোন কোক্রিংঙ।

হায়নৈ শোন্নৈ তাইবংনা

পলেম পুষ্পদৈ অথোইবী

পোক্লফম মাসেন নহাক্লী।

হেল্লি নংনা স্বর্গদে

স্বর্গ হেননা ভক্তিসে ইমা নংবু খঙবরা

ঐখোয় ইচিল ইনাউনি, ইমা মকপী মচানি

নচাশিং মাঙলা মতৌবু ইমা নংবু উবর ?

শকচনিনা শকচনিং

শকচঙমদে কোলোয়বু

শকচখিরোই নচাদি

নচাগী থম্মোই লাকাহুং

মঙ্গ অমা খঙহনা

ত্রতশিংসে পাংজরি।

১ অচুম্বগী মমিংদা অৱানববু থ্‌ পচরোই
২ ৱাথলগা ফিজেংকা তৈনরোই,
৩ ঙাক্লোইদ' ৱাশক শকচরোই .
৪ ৱাজাওনা থৌজাওবু মাঙহল্লোই ।

বেতশিংসে ঙাক্লিফাও
শকচখিরোই নচাদি
পানেম ফুংশি কোলোয়বু ।

— — —

থারমচৎ

( থাথাগী খৱক্লা ? )

থোক্লরোই থাজদি থরোথোইদা
থোংজাও থিংখরে থয়ানা,
থম্মোই থোৎপী থরোগী
থরাইদৈ থোইরবা থাজদো
থাঙ্গশেং' থাজকম থোক্তরে,
থাশি থানৌ থানিন্দা
থেংথাং খেথাং থাদোকপা
থাজ থোইনা থোয়চৎনৈ
থোইনা থাজবী থারোনা
থম্মুং থীৎনা থাজদ্রে ।

থাজ থাবল থারোইনবী
থরাল থাঙ্গী থাবৈল্লেন্ত
থাজবু থম্মোইদা থমজকই
থাশি থাবল থোক্ত্রবদা
থরাই থাকম থোক্লেদো।
থোক্ত থোংপী থারিকথাম্ম
থামৈ থাশি থাজংতা
থংলেন থাজ থোক্ত্রবদা
থরাইগী থরাইনি থমজবরদা
থাজ থাজকম থোক্ত্রবনা
থম্মোই থোঙ্গাল থিংথরে
থংলেন থাগোনবা থোকখিদ্রে
থরোগী থারাই থাজ
থাবৈল্লে থম্মোইগী থাজ
থারিকথাগী থংলেন থাজ !
থীদা থারমচং থাজ !
থাজবা থক্কম থোক্কেদা।!

— — —